# চীংদোন্ন নেম নেম

## উরোক পরেং

কৈশাম ইবোহল সিংহ

চীংদোম্ন নেম নেম
উরোক পরেং



অহানবা ফোংবা—আগষ্ট, ১৯৮৩ ইং
স্বত পুন্নমক শৈরাংবা মশাগীনি ।

নম্ফম ঃ— মনিপুর নিউজ প্রিন্টিং ৱার্কস,
পাউনা বাজার, ইম্ফাল।

ফোঙ্‌জবা ঃ— চিঙ্গাংবম নোরেন, ৱাংখৈ
ৱাংখৈময়ুম লৈরক, ইম্ফাল—৭৯৫০০১

কোপী মশীং — ১০০০ (লিশিং অমা)
মমল — লুপা ৫.০০ ( লুপা মঙা )

# " চীংদোম্না নেম নেম " পাম্নগা খনবা

পুন্সিগী মম্নুংদা ঙাইহাক ওইরবস্তু শাংনা ওইরবস্তু কবি ওইদবা মী লৈতে হায় । ঙাইহাক ওইরগা তোকপা য়াম্না য়াওখি । অম্নাংবা থাক্কী কবি ওইবা কয়াবু হিংলিঙৈদা শক খঙ-খিদবা নত্রগা ম্নাংনা খঙখিবা শিরবা তুং কাইনখংদা মগুন হেনগৎলকপা লৈখি । হৌজিকস্তু মতুংস্তু হায়রিবা মওং অসি ওইবা য়ানা অতুম লৈরি । বৈশাম ইবোহলগী " চীংদোম্না নেম নেম " হায়বা শৈরেং লাইরিক পাউ হায়তুনা পী । হন্না হন্না পাই । হায়নিংবা খন্না থোরকপম্না য়েংই । থোরকই । খল্লিঃ হায়নিংবা পুম্নমক হায়ফম থোকপম্না থোক্তবম্না কনাগুম্বা মযেক শেংনা হায়রগা ঐগুম্বা অমগী ম্নাখল খরগা লোয়নননা লাইবিক অসি ফোঙলগা লাইরিক অসিগী অফ-ফত্ত করি লৈবা ।

ঐগী মীরোলগা কবি অসিগী মীয়োলগা য়াম্না লাপ্পরে হায়বসি লাইরিক অসি পাবদা খঙঙী ( generation gap ) । ঐ ম্না য়াম্না হায়দবনা ফৈ ঙায়না খল্লি । অতুবু ঐনা মপুং ওই খনবা খবদং ফোংদোকচগে ।

শৈবেং খবদং ইরগা কবি অফাওবা ওইখিবা ম্নাওই য়াম্না ইখিবা কয়াস্তু কবিনি হায়না শক খঙনখিদে । ইবোহলগী শৈবেং ঈচেলগী অহানবা ফোঙবা লাইরিক ওইগদৌম্নিবা "চীংদোম্ন নেম নেম" পরপ পরপ পাথিগনি - অমুক হন্না পাবদা খম্ন তপথরক্তনি অহুম্নক শুবদা মফম খরদা মতম চঙনা খস্কগনি । অপাবদা ম্নাখল শোয-দনা খলহনগনি । লাইরিক অসিদা শৈবেংবা অসিগী ম্নাখলগী ঈহুল ঈপোম ফোংদোক্লে । করি হীরমদা ইবা মহাক্কী মীৎয়েং করিনো ঙায়না খিজিনবা তাম্নবদি লাইরিক অসিদা নহাগী মীৎয়েং

মতমগী ঈবাংগা লোয়ননা অরুবা পুন্সিগী প্রশ্নসু হংই খুম্মী তৌ-গৎলকপা অমগী থৌগৎনিংঙাই ঈঙ্গিৎ ওইনা । মহাত্মা মথা চথৱরুন্দ্রা চথনক্লোইঙ্গ্রা হায়বত্নগী ঐ পাঙ্গি ওইজরোই চথৱরুবদি ফগনি । লাইরিক অসি পাবিবশিংনা ঐগী ৱাথল থরসি পাবীদবা য়াই ইবোহলদি শোয়দনা পাহন্নিঙভি । পূক্নিং শেংনা আশীর্ব্বাদ পীব্নি ।

নিংথৌখোংজম তোম্বী সিংহ

ইম্ফাল
ইঙেন পুনিমা : জুলাই ২৫,১৯৮৩

# অফোঙবগী ৱারোল

লাইরীক অসিদা অইবগী ইং কুম ১৯৭৬ তগীনা ১৯৮২ ফাওবদা ইথিবা শৈরেংশিং পূনশিল্লী। '৭৬ অমস্তুং '৭৭কী 'মতম' চেফোংদা 'ঐখোয়দি লৈফুলনি' অমস্তুং 'মূর্ত্তি শাবা'; '৭৭কী 'মালেম' চেফোংদা 'ইমা ঐগী ইমা, অমস্তুং '৭৭কী অঁকুর (ইংরেজী, এলাহাবাদ) দা ইংরেজীদা 'অশিবা লাণ্মী, 'নিংথম অহিং' ফোঙথ্রে।

মনিপূর ষ্টেট কলা একাদেমীনা লাইরিক অসি ফোঙনবগী মাইকৈদা শেলগী মতেং পীবীবগীদমক থোইদোক্ন তৌবিমল খঙবা উচ্চরি।

অফোঙবা।

# য়াওফম তাকপা

## *HAIKU

ডিমাপুর লম্বী গতি লৈতে

লেণ্ড স্লাইড। টাটা বন্দ।

মতোন থোকলে ময়াংদা

কপচল্লো মৈতৈ।

---

* Haiku is a modern form of versification in Japan. It contains seventeen syllables only in three lines in such a way that the first line contains five syllables, the second, seven and third, five syllables respectively. It is crisp, consise, suggestive and never didactic.

# কংলৈপাক

থোঙ দ্রঙ দ্রঙ থিল্লি

নোংপোক নোংচুপ মরক্তা

হুপীদু ৱাইহে।

# নোংময় ইশৈদা

বীর টিকেন্দ্রজিৎ রোডকী নাকল্দা ফম্বী ইন্দোননা
অপুম্বা ঙাশিংদু হয় হয়
অশাবা থাউ অতুদা থাদরি
ঝরপ অতু পায়দুনা
হয় হয় লৌথংলি
ঙরাং লৈহৌবা অপুম্বা ঙা
ঙহানগী অপুম্বা ঙা
ফোং ফোং শাবা অপুম্বা ঙা

চঙতুনা হংলুরি —
হো ইন্দোল
নাউশেক অতাউবা য়াউরিবরো ?

থুমলকই তরাম তরাম—
ঙসিদি নচনশিং অদো
নোং চুবসিদা
থরাইকোকপী নাউশেক
ফাবা চৎপা ঙমদরে
ফাবা চৎপা ঙমদরে ।

তাঙনা উনবা সুংশিবা মঙ্গপ থেংনৈ
ইতাও বদোমদনো ?
থবক থিরকইবনি
চেল্লিবনি
থবকনি থথঁকনি ।

ঙাইহাকন্থু অরাবা পোথাক্লই-
মনিপুরী, জগোই য়েংঙি
বাঙ্গালি নিঙোল অমা
জগোই শাই
ডান্স একাদেমি তোলদা
মচু মচুশী মৈঙালদা
বাঙ্গালী নিঙোল অমা ।

থাং মেত্তুনা লেপলুই—
লাই হবাওফমদা
ইপন ইন্দোল ইচে ইচন
মরি মরি চৎলি
পে পায়বন্থু য়াওই
লাইবেন মথেক কোয়
লাইবৌ চোংঙি ।

উম, কা চাম্রেংআ
হন্তক্কি নেপালিগী
পান দুকান অসে
মুমিং তাত্রিউঙনা খোঙ দোগ্রি
কা চাবা কংগ্রে
মরম খণ্ডনিংভিদকো
পুক্লিংদা মণ্ডল মণ্ডল খল্লি।

গোবিন্দগী স্নাথোঙদা উই—
কোম্লুং কাং শানবগীদমক
যোংকী কাংখোং অমা ইস্তোক্কুনা
পুজা কংলি
যোংকী কাংখোং অমা ইস্তোক্কুনা।

———

## নুমিদাংবাইরম কোইথোক্ত্রবদা

সহরগী লৈরক্তুনা

ঐথোয় অনি মারা শায়দুনা চৎলে।'

পোষ্ট অফিস নাকন্দগী

ময়াং লৈশাবীদু থোরকই

মমিত্তুনা কয়াদি ঙাওহনপ্রবা

অসিদনি চাকরিবা।

চেকপলদা ঙাহুনা, হৌরবা কুন্দো পাম্বীদগী

কুন্দো লৈরাং অমা

ইমাংদা পোপ লাড়না তারক্লুই

লেপ্পদি য়াদে

হেন্দোক্তুনা চৎলি।

'হে রিক্সো'

রিক্সো ফাহুনা তোংঙি

সিভিল লাইন্সকী ওমলপ তৌবা

লম্বীদা থৌগৎলকই।

'রিক্সো পুলরসে হুমাংনা লুপলে

অসিমক্ত ঐদি

মীনা থৌবা রিক্সো তোংনীংদবনি।

অমনা মারগা অমনা নুংঙাইবদো পামদবনি।'

নাকলদগী জুটর অমা হেনগৎখি
'য়েংঙুনে মনিংদা কমলিসে
কদি কঞ্জেহে ময়াং মুপীশিংসে
সাত্তি অসে কোম্না শেৎত্রা।

'বাহ'   ফি থোংত্রবা
নীংতু মথক্কী হকচাংসে
থবাকশিনা মুপাসিগী নঙ্গলদা তকলিসে
অস।
মাগী তয়াল মানবীসিদি
চুপথায়রবদি॥

নাকলদা লৈহৌই
শগোল গাড়ী
রিক্সো
বার
বস
ক্রোসফিং-
টকিজ
বুক ষ্টোর

বুক ষ্টোর
রিক্সা খান্মী ঃ
'কয়ানো ভায় ?'
'বাবুজি লুপামথাই ।'
'চুপ ! ওইদবা ভাংগন্নু
সে সিকিছমসি লৌ'
কোয়ভান ভাররকই
মীমা সিদা
'বাবু সিকি অমত্তদি হান্নু'
'তুমিন নৈরুহে
চেনশ্রো চংলো'

পার্কিংদা কার মন্নুদা
কমলশ্বী মুপী অমনা ম্মুন্না রে লকই
উশিন্নদনা ঐখোয়
চুমত্রিং ষ্টোরদা চণ্ডশিল্লী ।
ঐগী মরুপনা হংলকই
'অহুবা নওনা রিক্সো পুলয় মুংশি হাথবদো

# ইঙেনদ্গী ইবুঙ্গো

কৌবিলা মখোঙগী
লম্বী মপালগী মীথুংশঙ
ইঙেনগী ৱারৈ চেল্লবা নোংজু
নঙ+ঐ
ৱাথোক্কী তংখায় তংখায়
অকুংবা নোংলীক্ক
নীংথম লৈচিল তেমশীংনবা
নোংফেলনা য়ৈবদা পুংলুপ লুপ্পা
নঙ+ঐ
অচোৎপা ফিগী মরুমদা নঙনা হুকচাং ওইবা
ঐনা মিৎ

হবচাংগী
মৈশা
মৈনিল
থাজকদবা মঙগুম্বা খোঙচৎ
অচেৎপা খুৎকোন
অশাবা চীনচুপ
করিগীনো? কদায়দগীনো? করম্মনো?

কম্নিগীনো ম্নাথোক অম্নুক মংলবা
নঙ+ঐনা
অম্নুক থাঙমনত্রিবা ?

ঐনা কনাবুম্নু কিরকতে—
পুন্সি হায়বসে করিগু নত্তে, হিংলিসিনি।
মাঙদা উরিবা পুম্নমক
নঙগীদমকনি ঐগীদমকনি

পংচত্তা চৎলি
মাঙদা লপ্পানি চৎকদবা নঙ ঐ লৈরি মতাগুম
হনুমান মন্দির
মোংবা হনবা উমংগী
কাংশি মখোল
লাইবক্তা শিন্দুর
তখেলৈ

অহাংবা পুক্নিং
পোথাদবা থম্মোই
লমথুংফমগীদমক ঐথোয়না খনবু খনখিবরা ?
চৎসি মহায়,

মোংবা হনবা উম সে চংসি য়াদ্রবনিনা
হনবা তায়েদনা
পাঞ্ৰা লুৱ্ৰা মরকসিদা
ঙাইহাক কমলয়গা
পাঞ্ৰা লুৱ্ৰা ইপক পকলদূনা

তুমলমদাইদা
ঐনা পাই নঙগী চেরোল—
ঐগী মুংশিবসে
নঙনা হুজিকসু
থাজবগী ঙমথৈ
অমুক থমাথিদবা ?
ৱাহংগী মহুৎ তুমিন
লান্দুনা লাক্লবা নত্ৰা ?
চৎনরোলগী ঙমথৈগী ঙমথৈ
লম্বীগী ৱাংনগী ৱাংম
নঙগীদমক
নঙগী মুংশিবগী
অঙাওবা চাংয়েং অসিদা ?

## নিংথম অহিং

চঙশিল্লকউ চান্নবী
( নিংথমব্রা মমব্রা চীকতরা অহিংসে ? )

শকশি লাকও
জগোই শাসি
তান্থাসিদা গীতরগী
অমস্তুং থম্মোইগী ।

কপপু অমস্তুং চোংঙু
অমস্তুং শকউ
অহিংগী অচীকপবু নমহৎনবা
( ঐদি হচীকপসে ওস্থোক্ক কিজথরে )

য়েংঙুরদিনে
থোঙনাউসিদা
অশিবা নিংথম অহিংসে
নঙুন্থু থঙগনি—

কয়াদা মমথরবা
কয়াদা ঈংথরবা
কয়াদা মোংথক্লবা
কয়াস্থ লাঙডিবা
সহর হায়বসে লুথাকবোম নত্তনা বৈস্থ নত্তেদা।

মাম্নি
মশাগী লৈবাক্তা মীচেন ওইরবা মীশিংদো
উশা অমিগী থাংপোক্তা
খোঙ লম্বীগী চিদাইদা
— মীচেলশিংদো
ঈংবনা নীকলিসে ভিক্ষা নিরিনে পিয়ু তাল্লিসে
নী শিংদবা শক্ত পোলাং
ও। কিজদরা অহিংসিবো?

সহবসিদা ঈরাংদৃ নেমদরি
মথোয় মশেল হাৎনরি
অমগা অমগা চৈনরি
ওস্থোক্ল লাঙলি
চৈরাপতি তুমিন্ন লৈরি।

কপ্পু অমস্থং চোংঙু
অমস্থং শকউ
অহিংগী অচীকপবু নমহুৎনবা
তাস্থাসিদা গীতরগী
অমস্থং থম্মোইগী ।

হৌজিক্তি বুধস্থ ঈ থকলে
মিহৌ চাউরে অমস্থং শুইজ তাল্লে
অদৃগা জিশুস্থ নথোয়গী জিশুদো
পাং মথক্তুদা অমুক তুমজ্রবনি
চেনশ্রবনি নাহ্নোক্তুনা
শোয়দনা শিরগদবা অদূদগী ।

কপ্পু অমস্থং চোংঙু
অমস্থং শকউ
অহিংগী অচীকপসি নমহুৎনবা
তাস্থাসিদা গীতরগী
অমস্থ থম্মোয়গী ।

---

# মুক্তি শাবা

খুংহৈবশিংনা অসুম্ন খন্নখি—
'শাগৎসি ঐখোয় মীওইবগী মুক্তি অমত্তং
কৌক্রন্দগী হেম্ন ব্রাংবা
হিমালয়বু কান্দুনা চৎপা ওম্বা
পৃথিবীবু কোকথোং নাছনা পুবা ওম্বা ।'

লাইয়েকপগী শম্নত্রবা লৈয়িগুম
তোইরবা মিংশেলদা তাবা মমিগুম
লৌক্ষম থঙত্রবা শক্কমসি নত্তবা
শাগৎসি ঐখোয় মীওইবগী মুক্তি অমত্তং

কাংজেবুং ময়াইদা
মুক্তি অদু শাগৎলকই
অহিং মুংথিল লেপ্তনা হোৎনরকই ।
নাত্তিদুগী মখোঙ নাম্ম নাম্মনা
লৈচিল থেৎনা ব্রাংলকই ।
চাহ যুগ কয়াগী মতুং
মুক্তি অসিগী ব্রারিনা
মাওইবগী ইতিহাসতা সনাগী যুগ ওইহৌরনি

অহুবু মীয়ামদি উদে—
'কৈদৌঙৈনো মানা হিমালয় কান্দুনঃ
চৎকদববু
কৈদৌঙৈনো কদায়দকো ?

অঙৌবমক
মুক্তি অহু অমুক্তসু লেঙলকখিদ্রে

ঘৃমদোন অমা ফাওবা ব্রাংথৎলকদ্রে।

— — —

# অশিবা লান্মী

হিংনবগী লানফমদা মায়থিরবা, লম্ব াদা বংশি শিহুনা তারব অঙাং অমদা

উরম্মী ঐনা
পাক্লবা অঙাং অমা
বেলরে প্লেটফোর্ম মথক্তা মাষথিহুনা তাববা।

পাঙ্গলগা লোয়ননা
লেঙজ ঙমত্রবা মুংদুম অমগী
মানা লাকথিবোই পৃথি' জয তৌগে হায়না।

মমিত্তুদি লাওনা পাঙলি
যাথং পিরি
মথুত্তুদি পত্রাক তারি
মচিন্দস্তু ঈশ্বর শোল্লি
লিশিংলক হুয়।

ও। শিহুনা তারি মহাক
কনাস্তু কপ্লদে মানা শিবদা
অতুদগী মরাইবক্তা অঙাংবা ত্রিভুজ অমা য়াম্বকলিবা
শকখঙদবী মুপী অমা লাকলগা
পুহুনা চংখরে পিকলিবা নিংথৌরেলদো।

# নোংগৌবী

নূংগী লম্বী
নূংগী কৈথেল
নূংগী য়ুম
নূংগী য়ুম মথক্তা
তিংথংনৈ লৈকোলগী ময়াইদা
মৈপোকপী মশা অমদা তোংলদুনা
নোংগৌবী চেক্লা অমদি
খুৎচুমক্তবু ঙাইরি
শুমজিৎ পায়বী
বেলচাঁ পায়বী
নালা শেংবী
নালা শেংবী পরেং পরেং
অঙনবা অয়ুক্তা থোরকই
কোৎ কোত্তুনা পুথোকখি নালাদগী
নমথি নমথিরবা অপূম্বা ময়াম
পিৎ পিৎ ওৎশিল্লী
পানা কোদাং নালাদা
জরদা খোবুম থন্ন শায়রদুনা
মুজাহুনা
অহুগা ফেৎ হাইদোকতুনা চংখি।

খংলাউ লাউরকই নালাদগী
মী ওনবা ঙমদ্রবা
পুমথরক্লবা থব্রাই লিশিংনা
থুত্তগী শুমজিৎ নালাদা পোপ তাপোকখি।

# কৈনো ?

হুপ্নী
হায়বু কৈনো
পোত্থকন মরুপ অমা ওইদ্রবদি ?

পুন্সি
হায়বু
কৈনো
হিংনিংবগী য়ুম্ন থত্তনবদি ?

জাতি
তোঙান্বনা
কৈনো
শক্যন্দ লৈকমনা নত্রবদি ?

ধর্ম্ম
হায়বনা
কৈনো
থওদবা ঙাক্কদা যুমফম ওইববদা

নহারোল
হায়বু
কৈনো
শিঙনবগীদমক লাকপা নহৎবাদ ।

সমাজগী
নিয়মবু
কৈনো
অশোনবতনা ইনফম থোকলবদি ?

অরিবা
হাযবু
কৈনো
অনৌবা ওইরকপা নত্রবদি ?

নিয়ম
হায়বূ
কৈনো
অরিববু অনৌবনা শিনবা য়াৱবদি

কৈনো
হায়বু
কৈনো
কৈনো হান্নবদূ খণ্ড্রবদি ?

— — —

## ইমুং

অংশিবা
থিববু
পাথনা
য়ুম কংলে ।

য়ুম থিববু
লৈশাবানা
অঙাং
কংলে ।

অঙাং
থিববু
মাঙখ্রবা
অহন
কংলে ।
ইমুং অমা ওইবে।

---

# ইমা ঐগী ইমা

ইমা ঐগী ইমা রাজরবী ঈবৈবাক
ভমজদে ঐদি শকচবা থাগৎ ঈশৈ মহাক্না।
ঐনা শকপদি অবাবা ঈশৈনি অহুবু ।

ঐগী ইমা পুকফবী ওক্কবা নচাগী ঈশৈদি
লম্মাংনরবা তাইবংদা মমা মশক থঙ্ঙবা
কোয়ভাওনরবা নচানা ইমা ইমা কৌজবনি ।

পল্লোন মাপল্লা নীংথায়রৈঙে থুমহিগী ঈশিংনা লাকহৎতৈঙে
মিপাইরবা নচানা পলেমগী থোঙ্গুল লীজরি
মিনোক মৈশা পুঙমদ লোৎগ্রবরা অপোকপী
উররোইদ্রা মপোকসিগী থৌজালগীদি শকতমদো
উহনবীয়ুনে অমুক্তা অপঙবা নচা ঐঙোন্দা ।



## ঐখোয়দি লৈফুলনি

হৌজিক্কি ঐখোয়
মায়কৈ মরিসে
লোইনা মমগ্রবনিনা
লম্বীশীদমক থনগ্রে ।

কনাবুমু চৈফম লৈত্রবনিনা
ইশানা ইশাবু চৈজরে
জাতিগী চৎনরোল মাঙখিবা য়াই
ঐখোয়গী জাতিদি মাঙখিরোই
ঐখোয়না উরে কৈথেল ময়াইসিদা
মুংঙাইবদি পিথোকপদা লৈরে ।

অচুম্বা !
অচুম্বা হায়রবদি ঐখোয়দি
ইশাগী অরুম্বা ফাওবা য়াঙ্গ্রবা
নোংলৈনা জয় তৌগ্রবা লৈফুলনি ।

লৈফুল হায়বদি পিক্লবা লৈবাক মকুপ
তিনশিল্লগ্রবা
থিংবগী পাঙ্গল ফাউবা লৈত্রবা
খোঙনেৎফমদা লৈবা ।

=)X(=

## অওনবা

অনাবসি লেঙদনা তুমলেনে,
মায়য়োনসি অমুক্কং হোংদোকহল্লীংভি
মপানা চঙশিল্লকলগা কাপশিল্লী
নোংমৈ খোং খোং মচাদা। অনাবহু লেঙদে
অনাবগী পম্মোই মচেং মচেং কোল্ল
মচানা প.কংল্লগা কাপশিল্লী
খোং খোং মপাদা। অনাবহু লেঙদে
অনাবগী থম্মোই মচেং মচেং কৌল্লি
অনাবহু লেঙদে। য়াওনবা লৈখিত্রে

# ঈশ্বরগী জাতি

নোংমদি ইনাওনা হংঙি ( মাদি কৈন্থ খণ্ডজদবনি । ) –
যিশু খৃষ্ট অসিবু তাংখুল মচা নত্রনে ?

নত্তি-নত্তে-অহুবু-মান্নি-হায়রস্থ য়াত্রনে ?
চোথে-গাংতে-পাইতে-রালতে-সিমতে-সালতে মৈতৈ-বাইকৈ
কবুই—কোইরেং – কোম – কোইরাও
মবিং মরাম-মিজো মোনসাং-মাও-মোয়োন-মার-অমত্তা
নত্তি-নত্তে অহুবু - মান্নি—হায়রস্থ—য়াত্রনে ?
অনাল—অঙ্গামী—আইমোল
চিরু – পুরুম—থাদৌ-লমগাং সেমা-জৌ - অমত্তা
নত্তি—নত্তে—অহুবু—মান্নি – হায়রস্থ—য়াত্রনে
যিশুদি ।
সনামহি—বুদ্ধ—কৃষ্ণ—পূম্নমকস্থ
নানক – মহাবীর—নত্তনা—আল্লাহ ?

# য়ু থকল্লমদাইদা শ.ন্নবা ৱারী

পূথ্রী মপান্দা
বালর্টিন অমা লৈ হায়বা ।
য়ু থক্কবা হুপা অমা ল্যাকলগা
বালর্টিনহুদা থোঙপাক্ল কাওবগী ৱানি
অদৈগী
পূথ্রী মপানহুদা হায়বা
অঙাং অমবু
যন ৱাইগনবীনা ৱাইগে তৌই হায়বা
অহুদা যু ঙাওবা অমা চেলশিল্লকঅগা
যনহুবু তানথোকপগী ৱানি ।
অঙাংহুবু কনবৈ ৱানি ।

অহুনা অঙাওবা ওইরিসি কনানোবা
য়ু ঙাওবহুরা
য়ু ঙাওদবহুবা
কনানোবা হা ?
হাঃ হাঃ হাঃ

# মুন্না ভাও হায়রগা

লৈ হায়বনেমী
মচু হায়বনেমী
অভাংবা হায়বা নভেবা ।
মুংশিবা হায়বনেমী
মী হায়বনেমী
মুপী হায়বা নভেবা ।
গনতন্ত্র হায়বনেমী
মীয়ান হায়বনেমী
মন্ত্রি হায়বা নভেবা ।
মুন্না মুন্না ভাও হায়রগা ।

# মমৈখংদা

থানা থানা
অহুক কুইনা খাওলকপবু
থারবা মিংকুপ অসি ফংলে ।

হন্না হন্না
শেমজবস্বা লৈকোলবু থিরকপবু
লম্মৈগী লেমহৌবা তাঙ্গোই ঙাক্তা ফংলে ।

যেংনা যেংনা
য়ৌবনি নীংজরস্বা ঈথংস্থু
খঙলুপ লুপথোকখরে আঃ ঈথ দা

# আশা

টেবলদা ককচেংদূনা চেল্লি
অশাবা চা কপ অমা মৃথক্তা নল্লি ।
ঐনা খল্লি কান্নদে
আশা অসি থাদোকপা তারে ।
শাইক্তিন্দগী শেন্দ্রাং মচানা হংঙি —
ইমা ঐ চারা হেনদুনা শিবা তারবরা
মমানা হায় — নঙবু শিনবগীদমক পোকলকপরো
শেন্দ্রাং মচাদু ঙমবোই ঙমদবোই পাইথরকই ।

---

# পরেং খর়া

## (১)

To be born in times of peace in a District with hills and lakes when the magistrate is just and upright and to live in a family of comfortable means, marry an understanding wife and have intellegent sons — this is what I call a perfect life.
— LIN YUTANG
(The importance of life)

(য়েংঙ্নে) তময়ানা কোরি চীংয়ান্না নাপু
ফৌনানা লেং লেং হূপন্নৌন্না রাই রাই
লৌখোংগী থারিকথা ঙান্নু খল্লোং
চীংদোম্ন নেম নেম উরোক পরেং

চীংদোম্না নেম নেম উরোক পরেং ।
উথল্লাদু ঙাইখো উ কারোংদা নঙ্গী
তরক তরক মানা অনিতা পাল্লসু
শকথঙদবা উরৈদো থিখিসি ফংত্রিফাও ।

মেরাগী থানিল রাতোন তমলকপা
থাবল্লে লৈনম অচীকপা লৈরক
খোইদোম শেংলিভৈ কুম্লং চিললিভৈ
কল্লকই তাইবংনা শিঙেনগী লাইবক

নীংথম লম্বী চৎন চৎন
কাম্ব মমুংদগী মকোক্তুং লিংথোক্লগ্গা
লৌমীনা লাউল্লি ম্নাগী শৃলদা

পোইমু লৌবুক। লাযব চমু
চীং ককলি ইমা ইবেন
লায়ম মপা লাম্থেংনৈ হিংবগী
কংশিল্লবা পাম্বোম থাংগৎলি মুংথং

মীয়ামগী খোল্লাও অস্তপ্পা যাওন
মীনাই নাইথাং হোংদবা লৈতাকলোন
মতমগী ঘুমফম মীয়ামগী থম্মোই

লমজাও খোনবা চীংগী লৈমে
পুমকা কারবা উচানু (পান্থী) মচা
ফম্নলগা ওইবি মাঙ্গোলগী কুম্মৈ
পিকলিঙৈ খঙলমদে কপলিবা তাইবং

কালেন অতিয়া চাকথেল্লবা মশা
তুবোল্লবী শৈরেংনা ঙাইরি শজেল্লহা
মৎক্তা নেৎলম্নবা শল্লপকা লোযননা ।

---

(২)

## মো ফম্নসিদা থব্রায়না তরক

মীহাং মীশি কুণ্ডলবা তম্পাকসিদা কায়নখ্রবা থব্রায়-শিংগীদমক মোংফমদা লেপহৌরিবা থব্রায় অসিনা ই।

চীক্লবা হুংদাংব্রাইরম
হু'দাংব্রাইরমদি কায়নবমদাই
কায়নফম্ম মালেম
মালেম্ম মোংফম
মোংফমসিদা থব্রায়
থব্রায়না তরক ॥

পুন্সিগী য়াকাবুং
য়াকাবুংনা উনফম
উনফম্ম পোলোইফম
পোলোইফম্ম মোংফম
মোংফমদা থব্রায়
থব্রায়না তরক ॥

অপাইবা নোংজাবী
নোংজাবীগী পুন্সি
পুন্সিগী ফুরা
ফুরাগী য়ুমফম
য়ুমফম্ম মালং
থব্রায়না তরক ॥

খোঙচংকী হৌরকফম
হৌবকফম ঙরাং
ঙরাংগী লেমহৌবা
লেমহৌবনা উং
উংনা য়ুমফম
থরায়না তরক ॥

মোংফমদা শৈহৌ
শৈহৌদগী শৈরোই
শৈরোইনা ঙসি
ঙসিদি উং
উংকী পোলোই
থরায়না তরক ।

থরায়গী খোঙদাফম
খোঙদাফমদি মালেম
মালেম লম্পাক
লম্পাক মোংফম
থরায়না তরক ॥

(৩)

পেল্লাইদা চীনচুপ অমুনবা হৈরাং
য়োংকে হোংনরি রারকী তম্পাক
লফু লৈত্রাগী হৈকোলদা ঙস্সিজি
নৈথায়রুবি অশাংপা লিককোল
নোংলৈ হুংশিং থুপচরি মক্বাদা
অহিংগী মীচেল উজরে জগোই
তাম্ভা খুদীং থকউ থকউ
মুংোই ঈরেলপুংনি শকউ শকউ
লম্বাংনবি খুংশানা অমম্বা শম্মাংদা

(১)

ঐগী ইম্ফাল ঐগী কোন্নুং
ঐগী ৱারী ঐগী মতম ।

লমতা থাঙজ নুপী নঙ্গা
য়াওশং কৈথেন হেঞ্জু নহা ।

কুম্মৈ য়েংলে লম্বী চংলে
নক্ক ইল্লে তপ্প কৌরে ।

মমিং থঙদে মশক উরে
হংগে ঙমদে হযেং ঙাবে ।

নোকতে থুমদে তাবে থঙদে
শাউবা লৈতে লেপতে ঙানদে ।

মতম লেল্লে নোকলে পেল্লে
ৱারী তেল্লে পাথং শেংলে ।

(৫)

য়াংগংলবা শল কালেন মুংশা
নোংলিদি হুমাং — শম্পোৎ থোইবা
শম্পোৎ থোইবা
শিরুম্মর পাম্বী লবুকী লৈক্রক
খুন্তি কোক্তা —কুমগী নোং
কুমগী নোং
রাথল পোৎলুম মালাদা পুম্নব
উপাইদি লৈতে—গাড়ী রালা
গাড়ী রালা ।

(৬)

থৱায়গী ৱাকৎলা অঙাংগী চোইরোল্লা
ঈরাংগী কৈথেল্লা হিংনবা লাঞ্জংলা
মৈরানগী ৱাবেপলা পুন্সিগী লম্বোরা
শারংগী চাকথুংলা পেল্লবা পুন্সিরা
কৈশুমগী শিস্থারা থম্লবা ৱাকৎলা

(৭)

চীংদোম্না কৌরি অঙাংবনা ঙেংলি
মমানা চৈরি চংখিল্লু থামলি
কৌব্রুনা লিরি মৈহৌরোলগী রারী
মীয়াম্না থিরি লিকক্লাংহু যংত্রি ।

(৮)

থুমসিরা ঐখোয় পোত্থারসিরা
থক্লসিরা ময়াইকাবা পঙথহল্লসিরা
য়ৌরসিরা মোংফম হল্লসিরা
কাউরসিরা তোর্ব্বান থাদোক্লসিরা

লাকখিদরনে লোয়ননা মতমগা
থাজরসিরনে হয়েংমুক্কী লাংঙোন্দা
চৎলসিরনে লোয়ননা পিরাংগা
থিখিসিরনে অনকপা মফমদা

লেল্লসিরা যেংহুনা লাপ্ন
থজ-থব্রান তবং মালং
শারসিবা মাইকৈ থুংনা
সোরারেন্দা শংবান্নর শঙ্গাই
অথাপ্পা নোংলম যেংজকৈঙ
উম্ফুলনা তাঙদ্রিবা মিংপু
থাজ থব্রান মিতাকৈঙ
ইচুম লাকহৎপিরা নিংপু ।

## (৯)

কৈথেন চিদাই অমদা তুমলিবা নুংহুমনি ঐহাক্তি
মীয়াম চংলিদি মথঙ্ডি য়েংনবা হুমিস্তি পানজদে
লেপ্তুনা মীথোলদি তাজরে তানবা নাকোংদি পাঙ্গদে

ইখোং পাঙ্গদে চেন্নবা ইখুং পানজদে হন্নবা
থৌনা লৈজদে কপ্পবা থম্মোই পানজদে খঙনবা
কৈথেন চিদাই অমদা তুমলিবা নুংহুম মচানি

য়োং নাম থারবা খোঙঙ্‌প্পা লরাইদা নেংথবিবা
পানা কোদাং ওথরকপা অমোংপা অমাংবনা কুপশিল্লকপা
খাঙজরি নুংগী থম্মোইনা ফোঙদোকপা ঙমদা ইতোমতা ।

কৈথেন কয়ারক কায়থরে ইমা লাউহুনা চেন্নখরে
খুন্তাক লান্সিস্থ থোকখরে উন-রাইমুক চীকনুবে
খঙডি করম হায়সিগে তুমলিবা নুংহুমনি ঐহাক্তি

পামজ মংলান পুদূনা　　মালেম লৈমায়দা খোংদারে
পাঙনীংবা চাম্ব পাঙঙমদা　　নীংঙমদ নীংশা হোল্লরে
মুংঙাই য়াকাবুং অসিবু　　ফাদোক শঙনি থল্লকলে।

কপ্লরোই থল্ল থল্লগা　　তেংথা খোঞ্জেলতা থোরকলে
মুংঙাইবা তমগে নীংলগা　　অরাবা রাথলতা ঈহৌরে
অশাউ মীচৈ অয়াকপা　　ঐগী ইরোন ওইরকলে।

অফ নুংঙাই কয়ানা　　তাইবং মিংমাং থেল্লিবা
য়াইফ মিংকুপ পরেংনা　　পুন্সি রারী শেমলিবা
শককে শোনগে ঙমদরে　　নীংদোন পোম্নত চৈক্করে।

